বীরেন :—(খত্তপ্না য়াদা) য়াকম অহু তোকশিন্নো ওজা থাদি মহাক লৈত্রবদি পুর্ণিমা মহাক ওইবা মায়োই কনবা লৈ মহাক লৈনম চেনলমত্রবদি ফজবনু শিংথাবা য়াথল চাওবা মীওই কনানো ঋতু লাকপদা নাকেন থা ওইত্রনে।

চাওবা :—(য়াম্না ফপ্না) মসিগী য়া অসি তোকখোকলদি ওজা। ফসিদি সিনেমা য়েংলুশিন্না ?

বীরেন :—হোই সিনেমা (Cinema) য়েংলুশি ওজা। ফজা ফজরগী মো নহা কয়াম্ব টং কাই অতুম্ব থম্মোয়গী Cinema মথল অমনি।

চাওবা :—(য়াম্না ফপ্না) ওজা অডাং অনি চাওনা লুত্নোংশি। (মতাং অসিদা রবী চংশিল্লকই চপ লেপ্লগা)

রবী :—(য়াম্না ফপ্না) D C. সাহেপ 'ঐখোয়গী থম্বালদো লৈকা-ইগী নীশ বন্দ শুপী শংনা কাকোরে। নীশা বন্দ শুগীশিং-না সাহেপনু লাকপিদবা য়নে হাইরকই।

চাওবা :—(অশাওনিংবগা ইকাইবগা অনি পুল্লম্মী) রবী চংল্লো চংলু নীশা বন্দনা তৌনিংবা তোপ্রামনু।

রবী :— সাহেবকী ইচানিপা থম্বালদো নীশা বন্দগী শুপীশিংনা কবিগুবা ফুবদা শিবা থে ক্রবদি সাহেব অহুম য়ারম্প্রা অমুক্তা য়াথল মুন্না শনবীনু।

চাওবা :—(য়াথল থল্লগা) অহুদি য়াদেবু রবী। নং থম্মা চংলু নীশ বন্দগী শুপীশিং অহুদা হায়ল্লচো মখোয়গী তোকম

বোকপা কাইন তৌরগা ইচা নীপা থম্বাদ থাগোকই হাইরুবে অহুদা য়ুত্রবদি ঐনা তৌবা ওম্বী power অহ চংথগনি হায়রম্মু মৈতৈ চনুরা Assocetion অহুদা।

রবী :— ফান সাহেব ঐ অহুম কনবা তৌজগে, রাকম অমনা সাহেব ঐখে য়গী ব'বু-মচ থম্বাদ অসি য়ু থকহু হায়না সাহেবন অমুক্তা রারকপীয়ু।

চাওবা :—(অশাওবগী রাহৈদা) মকম অসিদা অহুওম্বী খনকম নত্তে হায়বা নং থাদ্রা, রবী খরা থুনা চংখ্রো।

রবী :— (য়াম্না কিনা) ফনি চংচরগে সাহেব করিওম্বা রাকম অমত্তা হংগচগে, সাহেবকোইন' ঐবু ১ত্তম কয়া কুইনা পাথং কম হাপকদৌরিবনো ইশাগী চহিদি মরিদা সেনো অমা হাপচিল্লকএ অমুক্তা মুমা থনবীয়ু। সাহেব ঐদি ওসিগী সমাজ অসিদা নৈবগী শরুক্তা স্বর্গদা কানিংক্রে।

রবী :— (কপ্পগা) হো ইমা, হো পাবুং, নখোয় অনিনা পোক-পিবদগী ঐ রারিবনি।

চাওবা :— রবী নংবু ইশ্বাবমা ককবী নৈশাবী অমগা লু'হাবীগনি নং কপপগদ্রুকো।

রবী :— (কপলমবদগী তে রুগা) অহুদি কমবা মুমিং থাদা লুহোং-বিগনি স হেব।

চাওবা :—ঐনা ওয়া মতমদনি।

রবী :— অহুদি সাহেব অকবা মুমিং বা থাবাদ, মুংশিবা মুংশিদবা

থাবাল মজনা য়েংলগা লুহোংবীয়ুকো মতমগী কজাগী
লৈশাবী থবল্লগা। মতমগী হেন্নেয় মানবী মুপীদি প.ম.
অদেকো সাহেব ঐবু চাওবা কননা লুহোংবীয়ুকো
সাহেব।

চাওবা :— (অশ ওবগী মওংদা) রবী নং অত্ত মরুবা তোরেংবো
নংগী লুহাংবা সুক্তম ওমলরোই ঐদি।

রবী ঃ— (কপ্লগা) সাহেব ননাওবু অমুক্তা চংবীয়ু ননাও
লুহোঙ্ক্রবদি ঈশা ইথক্তা অত্ত্ব ঘাট তোরগা শিক্তরগনি।

থৌজয় ঃ—হে নহা নশ বা নশাবু নবস্তা অত্ত্ব ঘাট তোবগী মহুক্তা
মুপা থোকপা থবক অমা তোৱগা শিবনা কত্তরনে।
য়েংউ মৈতৈগী ইতিহাস য়ুম্বীরেন ওইরবা মৈতৈগী
অংথোবা বীর—পাওবা, ওসি কাওবা ইতিহ সকী য়ুম্বী-
রেন ওইরি। মংসু হেৎনরবদি করিগী ওমলোই।

রবী :— অচুম্বনি M.B.B.S. সাহেব। অম্বুবু ঐদি লুহোংদবা
সুকয়া য়াদে ঐ লুহোংগদৌবনি।

চাওবা ঃ—ওসি কাওবদি ইতিহাস শেম্বদা মরোক লায়া লৈরি
মৈতৈ মুপীগী সতি ধর্ম্ম, য়েংউ লোংপোক পানথোইবী
অমসুং থোইবী অম্বুদা নত্তনা লৈক্ত কৌবী মুপী অমনা
মপুরোইবগী শিকমদা পোৎলোইবগী মৈদা চোংশিন্দুনা
শিথিবা, ওসি কাওবদা লৈরি, সভী থোংনাং, ওসিগী
সমাজদা চম্নুরাশিংগী মরক্তা সতী লৈরিব্রা।

রবী ঃ— ওসিগী মতম অসিদদি থহনা নোংবান্নী নোংবাননা

খত্নি, চসিগী অনৌবা সমাজ অসিনি। সাহেব ভসিদী অনৌবা সমাজ অসিদদি খবা থোইবা নৈকং ওয়ে, চংদরে নোংবানবা শৌজা কায়রকী Hero নি।

বীজয়ঃ-ইনাও রবীগী রা অসিদি করি অমত্তা ককনিংঙাই নৈতে। ঐগী খঙ্মোয়দদি রবী পংগম্ন থবক্তা লাইবক্তী, লাইবক্তা থবক্তি, লাইবক ফত্তে হায়ত্নবা নৈথোকপু।

চাওবা:—(মথুংনা খিল্লগা) য়েঙু কোইরোগী থোংলোইদি মালং-নি মালংগী থোংনৈদি মালংনি। হাংলবা অতিয়া অদিদা চেক্লা কথানা নোংদোন থেংনা পাইকম ওইরী।

বীজয়:-ওজা মসিগী র অসে ভোকথোক্লগি। ভসিদি সিনেমা য়েংলুবসে।

চাওবা:—করে-করে ওজা।

(অদু হায়রগা মথে র অমি Car অমদা পুম্ব তোংলগা চৎখ্রে। রবীনা মমাই নুকথক্লবদগী হনগৎলকপা মতমদা মখোয় অমি নৈরমখ্রে)

রাঃ- (অকনবা থোক্লেলদা) হো-ঙাইবী খ-হো চাইবীথো।

(অদু হায়রগা Car মতুংদা কয়া তায়খ্রে)

—x—

"৬ শুবা"

# অচৌগী ইযুং

"ময়ুক্কী মতম"

চহি মরি হেনপ্রে, 'অচৌগী যমুম অসি শেগায়রবা ইনা কুপ্প য়ুমজাও অমনি মাকনগী অকোইবদা দৈ কয়াম্মু শাংলম্মী। মতাং অচৌ অনম্বুং নবকুমার তপ্প তপ্পা ইমুংগী মাঙ্গোংদা খোকলকই অচৌ মাংদেলগী চৌকি অহুদা ফমথৈ।

নবা :— (য়াম্না তপ্না) পাবুংগী অনাবা অদু খরাদি করত্রা।

অচৌ :— পাবুংগী হকচাং করিম্মু তৌদে ইচাগী লমন কররা শিংদনি পাবুংনা।

নবা :— পাবুং য়াখল অদু অরামবনি।

অচৌ :—(য়াম্না দুংশিনা) পাবুংগী নবকুমার।

নবা : — (য়াম্না রাখল খল্লগা) পাবুং নচামা ডাক্তর কৌজরবনি, হৌজিক ফাওবা লাক্তরি হৌজিকী ডাক্তরসিদি অনাবা কননবা লাইয়েংবা নত্তে, মশাগী মীংচং তানবা তারে। অঙ্গকপনি মতমগী ডাক্তর পৈশা খরা য়াম্নত্রবদি চিংদাক মমিং ফাওবা ফজনা তাকপিরমদে। মশাগী ডাক্তরগী মীংথোন তানবগে মতম অমদা ঐগী মরুপ শরৎনা

হ'য়রম্বা অদু অচুম্বনি। লাইব্রগী পুস্তিদি অভিয়াদা পাইবা লৈচিম নোংকাইগুম্বনি হায়রম্মী। ইনাথুনবগী পুস্তদ মাংবা-লৈভবা দ্বিৎ বা পৃথিবীনি, মানা M A. ভম্বা চৎলমদাইগী মীৎকুপ অদুদা।

(রাফম পুম্নমক অসি জয়শিল্লনা লে'ন্না ভারম্মী। নবকুমারনা মন্না য়েংউদনা জয়শিল্লা লৈরম্মী মবকুমার ভুম্মীনা লৈরম্মী। অচৌনা জয়শিল্লা উবদা য়াম্ন হরা-ওরম্মী খম্মেয় মুংদ)

অচৌ :—ইবেম্মা নং লাকলিব্রা।

জয়শিল্লা-( য়াম্না ভপ্ন ) পাবুং নচা খরা থেংপ্রে, রাজৌবীগম্ব।

ঐ'দি পাবুং নাই হায়বা থংদে, ঐখোয়গী পাবুংনা হৌ-জিক্কা চুমম্নবই।

অচৌ —পাবুংগী অনাবা করিম্ন তৌদে চায়গী হকচাংগুম্না করে।

জয় :—পাবুংগী হকচাংদে অমুক্তা Treatment তৌশিন্না।

(জয়শিল্ল, 'মহাক্কী Bag অদুদগী Treatment তৌনবা থুৎলাই অদু পাইরগা মপাবুংগী হকচাং অদু Treat-ment তৌরম্মী. তৌবা লোইরগা জয়শিল্লা মোমোন নোকচরম্মী, ।

জয় :— পাবুংগী হকচাং য়াম্না করে, 'পাবুংগী অরাবগী রখল অদু খরা খাদোকপিয়ু মুংভাইবা রাথল খনবীয়ু'।

অচৌ :—ই.বম্মা পাবুং চা লৈরুদে নখোয় ভহাকতং লৈরমখো।

জয় :— পাবুং চা লৈরকয়সু।

অচৌ :—(য়াম্না রাথলখল্লগা) লাইরবা পাবুংগী য়ুমদ লাকপদি কননা চা থকনিংগনি, পাবুংস্থ খুদযা নত্তে থংই।

জয় :— (য়াম্না তপ্ন) পাবুংগী থম্মোয়দগী থোরকপা রাহৈ অহু অমুক্তা তোকপিয়ু নচা ঐ থায়না পাবুংদি হেক পোকপা পাবুংনি খনজরিবনি পাবুংনা চা লৈান হায়বহু লৈবিরুবো। মহাক্তো Big (মপ বু হরাও হ য়াও ইযুদা চংখ্রে। মহাক্তো Big মনুংদা Treatment তৌনবগী খুৎলাইশিং অহু হাপ- চিনলাগা লৈরম্মী। তুমীয়া।)

জয় :— অঙকপনি মীওবগী পুন্সি কনা অমগী রাহৈ অনন পুন্সগী অরোইব ওইরি।

নবা :— (য়াম্না তপ্না) অহুবনি কনা অমগী রাখলদা ঐ ইশা M B B S. ওইবে হায়দুনা চাওখোকচরি কনা অমনা লাইরবগী মচানি হায়ত্নমা মশাগী ভুংগী লমবেম শেমজরি।

জয় :— নংগী রাহৈ অমমা মালেম পৃথিবী নীকহল্লি। নবা নহাক্তো পাবুংস্থ D.C. ওইরিবনি রাখল খরা খরা খল্লুকে।

নবা :— নহাক য়াম্না শাওরে। মুপী ওইবীশিংগী থমোয়দি অশাওবা থাদোকপবনি, শাওবগী শরুক্তা মুংশি রাহৈনা ইকাইবা পিগদবনি অশিল্লা।

জয় :— ঐ করিগুশাওদে।

জয়+নবা :— সুংশিবদি থম্মোয়গী লমদম, 'অপাম্বনা মপানথোংগী লমিন অপাম্বা নৈংশিংগা সুংশিবা লাক্লনি। নং+ঐ চংওবা সুংশি ইপাক লানমীনশি। পুন্সিগী পুন্সি ওই মিনশি। লৌনম নমথাক থাদোকশি সুংশিবা কন্নপ্রগী তেংবানবুম ওইনশি, 'সুংশিনবদি নং+ঐগী পুন্সিনি। নং+ঐ ক ইনবা সুমিত্তা ঈশ্বরগী চৈথাক ফংমি.শি।

জয় :— থম্ম য়না অপাম্বা লৈচুদি অরাংবা পান্নেন্দা শাংলি, ঐনা চেক্পা থম্বগী পাঙ্গলসু লৈতদে।

নব :— অরাংবা পানেন্দা শাংলি নৈ অং নৈ চেকপনা হেক্ত হনা মথন্তা চ ইরগা নৈমাইথক্ত কেন্জপনি কবিস্ত ঢংকন্ত।

জয় :— অপাম সুংশি শরুক য়ামিনশি পুন্সিগী সু শি লমবেন্দা লৌনম নমথাক থাদোকাশ।

নব :— সুপা ওইবগী লৌনম নমথাক সুংশি রাম্না ওইবাপামজদে, মপান থোংগী নৈনো অমুনবা মসুংদা তিন চংব ওইরমগনি, 'সুপী ওইবীগী পম্বুং খুদিংগী সুংথাং সুপা ওইবা থম্মোয় অঙ্গু পামজদেকো।

জয় :— ওইরে ঐগী থম্মোয়সু মপাল থোংগী মশক ফজবা মসুংদসু তিন চংদবা নৈহনো অমুনবনি মংদি ওইরবা কিহোম মমিং, পামজদেকো ঐ ম কিহোম মমিত্তি।

নব :— (অগাওগা রাই) হে কিহোম মমিংক দে হায়ুরকো রাগী রা কজনা তাংনশি।

জয় :— সুংশিবগী চৈনথান্দগী থোরকপা রাইহেদি ফনমক থেবা রাইহ ওইরবসু অতুম নুংশিগনি। নংমা-ইবু সুংশিবদি লৌনম ওইগনি। কিহোম মমিং।

নবা :— (অশাওবগী রাইদা) কিহোম মমিৎ হায়গনু, হায়গনু চায়রবগা অমুকসু হায়নেহে।

জয় :— (মোমোন নোক্লগা) কিহোম মমিৎ, কিহ'ম মমিৎ।

নবা :— (অশাওবগী পনথেংদা) অমুকসু হায়নে হায়গনু হায়রগা।

জয় :— কিহোম মমিৎ হায়ববু অশাওবীরো। শাওগনুদা।

নবা :— (শাওবা) ওসিংদগী নং ঐ থাইনবাস হায়রিবরো।

জয় :— (য়াম্না তপ্না) মুংশি য়ারাবু নংনা তম্বীরম অমুকসু কাউমা মৈচাক পিরমগে থল্লবর মবা মাই-মাই-মাই ওনম্নরোইকো নংসু ও সন্গী কিহোম মমিৎ ওইকলসু।

নবা :— (অশাওবগী খোলজেলদা) তয়শিল্লা ---॥

জয় :— চহি কয়া মুংশিজয়কপা রাইহে অমত্তনা কাইনবা পামজদে অছুপী ব'বুদি চহি কয়া মুংশিনয়কপা রাইহে অমনা কাইনব', অমম মুংশিনবা হায়বা অসি মহৌশানি।

নবা :— (অশাওবগী মওং) নংগুম্বা মুপীদি লিশিং লিশিং লৈ।

জয় :— নংগুম্বা মুপাদি লাক লাক লৈ করিসু মত্তে।

নব :— নংগুম্বা মুপীদি ঐগী মুপী কাওবা ওইহনলিংদে নচিননা নচনি কনলিবা।

জয় :— নংগুম্বা মুপাদি উবদা তিম হৌই মুংশিবদি হায়রুম।

নব :— (মোমোন নোক্লগা) জয়শিল্লা তাওশিনগনু ঐনা মুংশিবদি নংনি পুন্সিচুপপা নংবুদি ঐনা থাদোকওই। লৈচিমনা মুপশিথ্রবা থাজ অদো নোংমা নত্রগা নোংমদি থাজগী

ইংল্লবা মাইথোং অদু উবা ফংগনি।

জয় :— (মোমোন নোক্লগা) কাইনবা কয়াদি মুংশিনদে হায়শিরা, থংনবা কয়াদি মুংশিনবনি হায়শিরা ঐগী পুন্সি নংগীনি। মতম অসিগী মুংশিনবা অতিয়াদা থোকপা থারাম্মিচাক-শুবনি।

নবা :— মুংশিবদি কৈথেন্দা য়োনবা পোৎ নত্তে, থম্মে মনুংগী পোৎনি।

জয় :— রাহৈ অদুগী পাওখুম পীজবা ওমজবগী থোইনা পাঙ্গল লৈজদে ঐদি।

নব :— করি মরমগীনো, পাউখুম পীবা ওমদবগী মরম।

জয় :— রাহৈ অদুগী পাউখুম পীজবা ওমজদে ঐদি।

নবা :— মতম অসিগী মুংশিবদি গমল্লাদা থাবা লৈ ওইরবা গমল্লদা থাবা লৈদি মতম অমদগী মতম অমদা থংদোক থাংজিন য়াই।

জয় :— মতম অসিগী মুংশিনবদি থংদে তজেংবা মুংশিবদা চেনথরবা তুবেনগী ঈচেল পম্বুং য়েংদ্রি কাওবা চেমথ-রকপা অদুগুম্বনি লৈ খুদিংমক করি তৌনবা শাৎপনো মতিক চাব পাউখুম অমা পীয়ু।

নবা :— লৈ খুদিংমক লমন চল্লগা শাৎপনি।

জয় :— (নোক্লগা) ঈশ্বর হায়বা অসি করাইদা লৈবগে।

নবা ; ঈশ্বর হায়বা অসি অচুম্ববু ঈশ্বরনি।

জয় :— মুংশি হায়বা অসি করম্না মুংশিব হায়বা থংগনি।

নবা :— মুংশিবা হায়বা অসি থম্মোয় মুংদগী থোক্লকপনি।

মুংশিনবগী ময়েক অহু শেংনা খংগে হায়রদি মহাক অদুগী পোয়ম য়ুংহু। মক কংতী রাখল খংদোকহুনা, মহাকী য়াকদ লৈনা লৈনা তুংইবা ভমলবদি অশেংবা মুংশিনবনি।

অব :- (মোমোন নোক্লগা) অদুদি এমু নাগী তুংইবীদো। ওইরগে অশোয়বদো মহাক্না চংক্নবদো চৎলোদনা।

নব :- মংনা শেংবা চংশীনগদবা ওইরবদি এমু লমহুদা চংনবা হোংনগনিদনা।

(অম্বশিল্লা মোমোন নোক্লগা Bag মম্বংদগী লৈথুনা পুরকপ বোরা অদুলোৎথেকহুনা নবকুমারদা পীরকই নব মোমোন নোক্লগা মখুৎনা পোরগা মু শিনবী মীংয়েং য়েংলগা চারম্বী চাব লোইরগা অমুকমু মোমোন নোকলগা অম্বশিল্লাদা মুংশিনা য়েংলম্বী।

নবা + অব :- মুংশাদি খঙ্গে য়ু নী লনি। অপাম্বনা মপানথোংগী লননি। মু শিনবু সনা লৈখেলদা য়োলবা পোৎল্লা নত্তে, ঐখোয় অসিমু পুন্সিগী কোন ভমমা চংশি। লোনম নমথক থাদাকশি। চাওরবা মুংশি ঈপাক খুংবং পালোইনবা লানমীনশি তোরর্বন য়োনা। য়োক্লশি সর্গগী লৈকোন। শেমগৎলুশি সর্গগী লৈকোন।।

(নখোয় অনি মোমোন মীনোক নোক্লম্বী)

অম্ব :— ঐদি সংসার অসিদা লৈমিংদে শিখিবনা ক্ষাবেদা।

নব :— সংসার অসিবা নং শিগ্রবদি ঐদি কয়ম্বা হিংগনি।

অম্ব :— ঐ শিগ্রবমু মংদি মী অহুম ওইরোগনি। মতম অমগী রারি সত্তি থোংনাং। ইতিহাসগী চেনবা ময়েক লানা

থৈবি। মুংশিবা অমনা মুংশিবা অমগী মফমদা থরাই থাখিবা ঐগী থম্মযুনা পামথৈ।

নবা :— অদু দ ঐ হোৎরেন মুংদাং থৌরি য়ামলগা শিরগে নং ঐগী পোৎলোইবগী থৈ দা চোংশিল্লগা শিবা ওমগত্র।

অয় :— (য়াম্না ওথ্না) নং নথম্ত শিজবদি ঐ ওমলোই। নংনা কয়িগুম্বা থুদোং থিবদগী শিবা নত্রগা নাবগা শিবা ওইরবদি ঐসু লোক্লগা পুন্স লৈপুন ওইমীনবগুম নংগী পোংল্লোইকম অদুদা চেনশিল্লগা শিজগে, ঈশ্বরনা শাখি ওইশনু।

(নবকুমাবনা থুমগে ওৌবা মওমদা মপাবুং অচৌ ইমুং-দগী থোকলকই চা গিলাস অদুম পুথোক্লগা ওেবিল মথক্তা থমলম্মী)।

অচৌ :— নবকুমার মহাকী মরুপ শরৎনা Latter অমা থারকই থম্মা পাওশে,।

(অদু হায়রগা Latter অদু পিশিল্লম্মী য় ম্না মুংশিনা লোৌরম্মী Latter অদু অতপ্পা থোলাথেম্দা পামম্মী)

To.

The My dear Father Achou Singh.

Manipur state,

Latter :— লমদম ওম্না লৈহোৌরবা পাবুং মুখিৎ খুদিংগী মচা শরৎনা নিংশিংজরি।

পাবুং নচা ঐহাকী Exam. হায়দোক্লু, All

India গী ওইনা ঐনা First ডাক.র লোইনবা ঐ:খোয়গী মরুপ নবকুমারগী মচনুপী শাস্থিনা Second তারে। পাবুং নচা চাহি খর লাইব্রিক অমুক তৎবা তারে মতম খরা কাওবদি নচ য়ুমদা খোকলহখিরোই। শস্থিয় লাইব্রিক মথা তমখখিনি। পাবু না লাও অসি নবকুমারদা খরা তহীয়ু। ঐ অমসুং শ ন্থি ঐখোয়গা তম্নীবা Calcutta University দা মতম খর ওবা ওইরনি। হন্দক্কী থাদি লোইরগা নচা লুপা লিশিং অনি থাজরকে। পাবুংন মীওোন্দগী পুশিনলুব লেনশিং অত্ত শিংবোকখো।

লমদম তন্না খুরুমজরি অসি হ য়রগা লোইশিন-জরগে:

Yours Offectionately
From the Sarat Meitei
Calcutta University

(মথে য় ময়াম হরাওমীনরম্মী)

নবা:- (য়াম্না হরাওনা) পাবুং ঐখোয়গী মরুপ শরৎ Calcutta University দা ওজা ওইরে। অহুরুপনি মীওইবগী পুক্সি, মতম অমদা মরুপ শরৎ মিকপো দাইভর ওইরম্মী, মতম অমদা শরৎ মীমানবা ওমলমদে ওসিদি নুপা মচা ওইবগী মহৈ য়ম্লে।

আতো:- (য়াম্না হরাওনা) ইবুংঙো ঐখোয়গী শরৎ ওজা ওইরে

হায়রিবা অসিবু অচুবরা। অচুবা ওইরবদি ওন্থোক্লা কগ্রানিদা।

নব : পাবুং হায়রিবা রাকম অসি অচুবনি। পাবুং ঙসিদি ঐখোয়দা চাক চরা অমত্তা চাক্লশিদন ।।

অচৌ :— (য়ুম্না হন্নাওনা) চারুশি।

নব :— অচুদি পাবুং চৎনবা তৌরশি।

অচৌ :— করে চৎনবা তৌরশি।

(মতাং অসিদা রবী Jeep অমা তে:ম্লগা চ:শিল্লকই)

রবী :— নবকুমায় নং নপাবুংনা য়াম্না থুম্না লাকউ হায়রকই।

নবা :— তা রবী পাবুংনা ঐ লাকউ হায়বগী মরম করিগীনো থত্র।

রবী :— ইন্নাম্বা লোইনা থই। নং লু:হাংবগী কৈন্য হায়বা চৎকনি হায় অহৌগনি। ইনাওশিদি করি অমত্তা রাক্ল-দুনা মতমশিদা খানবা চৎপত্তম চৎলয়গা।

(রাহৈ অতু তাবদা কয়শিল্লা অবাবগী মশক ওইরি: নবদি ইক ইনা লৈরম্মী)

নবা :— (অকনব রাহৈনা) তাদা রবী।

রবী :— ইন্নাম্বা তাব তাবে তাবে।

নবা :— পাবুং চৎনবা তৌরশিদনা।

(মথোর ময়াম ময়ুমদা চৎলে)

— — x —

# চাওবগী ইমুং

## "নুংদাংব্রাইরমগী মতম"

চাওবগী য়ুম অসি কজবগী গুংতা Parliament House গা চাংদমবা য়াই। মুংঙৌ মথোন তরেংমা শাবা য়ুনী। থং অনি লৌখ্রে। রবী ইমুংদা চংশিনলকই। মথন্তু খন খন চেংলগা জাগোই শারম্মী।

রবী ঃ– ঐনা ঐখোয়গী D.C. সাহেপকী Jeep অতু রাইরগা হেক্তা ইবেম্মা থবানতোংবীগী ময়ুমদা থোজিনল্লি, তদুগা মখোয়গী কোম্থোংদা Jeep অদু থারম্মী, অদুগা ঐনা হুইশেম হুই, হুই, খোংই। ইবেম্মা থবলতোম্বীগা থাবল হেক্তা চোংই. ইবেম্মা মুংশিবী, ইবেম্মা মুংশিবী, হয়না হায়রগা, হায়রতুনা থাবল চোংনা খোরকপনি। Jeep অমা নত্রগা scuter অমা খোংনা চৎপগা হায়-বসি ১ম হৌজিক্তা মতমদা Jeep কা scuter গা Car গম্মা মুপী কোইবনি।

রবী :– (মোমোন নোঙ্গগা) ইবেম্মা থবালতোম্বীনা বসন্তরাজগী থুংথক্তা জগোই শারকই। ঐস্থ মোমোন নোঙ্গগা নোবকেৎ তৌরগা রাসগী জগোই অমা শারম্মী।

( অদু হৌরগ রবী মহারাসকী জগোই শারম্মী মোমোন
মীনোক তৌরে। মতাং অসিদা থম্বাল অমসুং অমুবী
লৈইরবা ইমুংদা ভপ্পা চংশিনলকই )

অমুবী ঃ— ইবুংঙো রবী হৌরক মপান্দা মী লাকপরা য়েংউ ইমা-
ইচা রারী অমত্তা শাগে।

রবী :— ( রবীনা ফৎ ফৎ কল্লগা ) মখোয়গী মমা মচানী রারি
অসি শান্ত শংগ্রেদা, ফ'র রারিনো খংদে।

( অদু হায়রগা রবী মপান্না থোকখ্রে )

অমুবী :— ( য়াম্বা ভপ্পা ) ইমাগী ইবুংঙো থম্বাল নহাক ফরি
তৌরবগে অরাংগী মশক ওইনা। ফরিগী রারিবনো ইমা
লৈরিবশিদি ইমানা হায়বা থবক অদু তৌরব্রা।

থম্বাল :— ফরি থবক্নো, 'কাওথোকখ্রে, অনুক্তা হায়রু ইমা।

অমুবী :— ইমানা ওয়াং হায়বা থবক অদু কায়রব্রা। অচৌবী
ময়ুমদা লুপ লাক অমা থমজিনলুনবা। হায়বদু কাও-
রব্রা হয়েদি নবকুমারগী লুহোংবা সুমিংনি। মাবু যুম
অসিনগী তানথোকুবা শারৌ শিনগদৌবনিনে।

থম্বাল :— ইমানা হায়বা থবক অদুদি নচা ওয়াং তৌজরুরে
লুপা লাক অমা অচৌগী ইমুংদা থমজিনল্লুরে। ইবুং
অদু ফনা অমত্তা লৈরমদে, মখোয়গী ইমুংগী থোংজিন
ময়াইগী লৈবাক অদু তৌথোক্লগা ফজনা ফুমজিনল্লাম্মী
ফনা অমত্তা থংবা ওমলোই ইমা।

অমুবী ঃ— ইমাগী ইবুংঙো য়াম্না শিংনা চংক্লদবনিকো মীগী মমাংদা

"নুংহোংবা থুগাইবা কয়দে, মপা মমা লুহোংবা কাইথগদবনি। ইচানা পামজবী নুপী অতৈ ইচাম্মা কংগদবনি হে অঙাওবা।

থম্বাল :— নবকুমার অচৌবী মচানি হায়রিবা অসিবু অশেংবা ইমা।

অমুবী :— ইমানা নঙোন্দা করানব ঙাংখিবরে ? অচৌবী মচা অহন্দনি নখোয়গী পাবুংনা য়াথংনি. ঐনা পোকচবা ইচাদি নং অমত্তং শক্লিন।

থম্বাল :— (অশাওবগী র'হৈদা) অয়োকপা মচা মহাক্কত্তু ঐহোন্দা ব্রাহ্মইনি হায়দুনা তৌজবা শাই।

অমুবী :— মীগী মমাংদা কজদে ফুমিনা লৈতত্রে হেরেন নং নপা-বুংনা পৈশা অচৌ শেইদনা খিরকখিনি, মতম অদুদা খংরে হায়গদবনি অদু বনী মওংদা নংনা নাশিংদুনা লৈগদৌবনি। নপাবুংনা হায়কপা মতমদা অনবা শা-রগা চৈত্তু অমা পাইরগা খেরুক্কদবনি।

থম্বাল :— ইমানা হায়বা পুন্নমক ঐনা লোইনা তৌজগে ইমা।

অমুবী :— ওসিদি নবকুমার office তগী হল্লকলগা অচৌবী মযুমদা শোয়দনা বাতন তৌবা চংকনি। নংগী পাবুং হল্লিনলকপা মতম ওইরে। ইপুংহো নহাক কা অসিদা তুম্বা চংলো হায়রিবামক্তাদা নখোয়গী পাবুং লাকএ। (থম্বাল কয়া চেনশিনখ্রে মহাকী কাদা, মতাং অসিদা চাওব চংশিনলকই)

চাওবা ঃ= নবকুমার ঙশাইদগী হল্লকত্রিব্র।

অমুবী — লাকতরি মাই পাবুং।

চাওবা ঃ— থম্বালম্মু বার্তর তৌবা থবা চংতরবরা কৈদৌনা লৈরে
শংদে।

অমুবী :— মাগী পাবুং ইচানুপা কোকহন লাইহনবি মীগী
মমাংদা চাং-তাহনবা হাদেকো ঐনা হায়রিবা অসিনি।

চাওবা :— ঐস্মু থল্লিবনি ম'গী মমাংদা চাং তাহনবা য়াবা নত্তে।

অমুবী :— (কত্তবা রাথল অঙবা শারগা) ইচা লুংলাংবগী ক'র
রাৎলি মাই পাবুং।

চাওবা :— (রাথল তৌরগ) অরাৎপা অমদি লৈ মাগী মমা।

অমুবী :— করি র'ৎলিবগে মাই পাবুং।

চাওবা :— হয়া গাড়ী Tata অমদি রায়রমদে নহাক থবা
চংলুচো। ওজা তোমানগী Tata গাড়ী অমা লৈবনি
অদু হেক্তা রাইরুচো। ঐ ঙহাক্তা পোৎথারমগে।
ঐ পৈশা লোখোকলমগে লৈরম্মু।
(অদু হায়রগা চাওবা কা অদুদা পৈশা কৌখোকপা
চংরে।)

অমুবী :— (মথন্তা) ঐনা শিনবা শারৌবু ক'রিগী মাই পাক-
লোই ইচা থম্বাল ঙসিদগী পুরনিমা থাজা ওইরগনি।
ঐ করিদৌন রাজকুনি। হে-হে ইমা-ইচা মুংঙাইনা
পান্দুনা লৈগদবনি।
(অদু হায়রগা তুম্মীনা লৈরম্মী)

চাওবনা পৈশা য়েংলুবা মতমদা পৈশা অংন্তো পৈরমনদে।
য়াম্না শাওনা থোকলকই।

চাওবা :— ঐখোয়গী থবাল কদাইদা চৎখ। নংনা ওবাং কদাংদা চংলুই।

অমুবী ঃ— মাগী পাবুং করিতৌরবগে।

চাওবা :— ( অশাওবগী রাইমদ ) থবাল কদাইদা চংখি. হে নুপী।

অমুবী ঃ— Office তগী Heroin ফজ-ফজবী অমা উ দ মাগী পাবুং পুডাও ডাওবা মানলে। নংদি কওরমলংনি ঐখোয়না লৈশ পাংখ ওইবা মতমদো চৌগ্রে মতমদো।

চাওবা :— অশাওবগী মওংদা হে নুপী থবালবু কদাইদা চংখি নচা ওক্তবা র রকউ হংয়মগা করিতৌদুনা লৈ। ওসিদি নমা মচা মমদগী তানথোককে।

অমুবী :— ( য়াম্না তপ্না ) করি তৌরগে মাগী পাবুং। ইচা নুপা থবাল মশা ওমদদুনা লৈ। নংদি করি অমত্তা খং লমলোই ইচা নুপা অহনগী লুহংবস্ত হয়ে নি ইচা অহুস্ত ডাইক্তা লৈজবা কংজদে। বাত্তন তৌবা অমুক চংলমগনি। মাই পাবুংনা রারগা শাওবা অসিবু করি কানগদগে ?

চাওবা :— থবাল কয়া কয়া ওমত্রিবনো, 'কয়াম কুইরে হ য়মু।

অমুবী :— ওসি নিমি শুরে চাকস্তু মরু অমত্তা চাদে মাগী পাবুং।

চাওবা ;— ( রখল খল্লগা ) ফরে।

অমুবী ঃ— ( মুংশিবা শারগা ) মাই পাবুং, 'মতম অমগী নং ঐনা

নৈশা পাখং ওইদুনৈ মতমদো খংনিং-খংনিং নিংশিং-
লকই ঐদি। ইচা নুপা লুহোংবা লোইরগা ঐখোয়
অনিমা সিনেমা (Cinema) অমুক্তা য়েংলুশি মাই
পাবুং চংজিংতগীদি ইমৌ অশেংবনা থোংবা চাক
চাজবা ফংজরগনি।

চাওবা —: নবকুমার কদাই চৎখি।

অমুবী : - (য়ুম্না দুংশিংগী মওংদা) Office তগী হললকলম্লগা
মপাবুং অংচৌগী বর্তন তৌবা চৎকনি হায়রম্মী।

চাওবা :- খম্বাল কৌথোরকউ নংমু লাও।
(অমুবী কাদা চংখ্রে খম্বাল কৌথোকপা খম্বাল অমাবা
শায়রগা চৈগু অমা পায়রগা থোকলকই মমাগী মপা-
বুংগাগী মনাক্তা)

খম্বাল :— (অরাবা থোলজেদা) পাবুংনা ঐ কৌববু করি হায়ুগ-
দোবনো।
(খম্বাল মমাগা অরাবগী কিভমদা লৈরম্মী)

চাওবা :- পাবুং রা হাইগে খম্বাল নং শেংনা হায়রু। পাবুংনা
অরমিম্না মদুংদা থনবা নুপা লাক অমগা লিশিং
কুন্দ্রনি নবকুমারদি লৌথোকমলমোই নং অমসুং নমা
নত্তনা। কনাদা শিনখিবগে পাবুংদা শেংনা ত্তম্মু।

খম্বাল :- (অরাবগী থোলজেলদা) পাবুং অহুক য়াবা নৈশা
কমনা লৌথোকইবা। ঐদি মতগুম্না থোকই।
(অহু হায়রগা খম্বাল লৈমাইখক্তা ফুশিনরম্মী, 'অহুপা

রাম্বুশনরম্মী, মমা অমুবীসু অহ:বা শাজিনররম্মী।
অরাবাগী সুংশা শর হোল্লম্মী চাওবসু )

চাওব :— (রমা পাথবা) ইচা থম্বাল কঁরিনোমা তৌরে হে
নুপী ঈশিং থবা লৌরকউ।

(অদু হায়রগা মপাবুংনা থম্বাল কোরশিল্লগ মমা অমুবী
ইচুংবগী ইমুংগী কা অমদা চংখ্রে। অদুগা ঈশিং
গিলাস অমা পাইরগা থম্বালগী মকোক্তা ঈশিং থরা
হাপলম্মী। থম্বাল হায়গী মতৌগুম্বা লেপলম্মী মমাসু
মপাবুংসু হায়গী মতৌগুম্বা লৈরম্মী)

চাওবা : - (য়ুম্ন নিঙমদবগী রাহৈদা) থৌদেক পুম্নমক মবকুমা-
রনা লোইনা থে কহনবা ঙাকতনি। পাবুং লোইনা
থংই থবাল। তঃচৌগী মমুমদা থমা পুরগা চংশিলাও।
থৌদোক পুম্নমক পাম্বুংনা রাথল থনদবদগী থোকপা
ঙাক্তনি।

অমুবী : — (অরাবগী খোলজেলদা) মবকুমার বংনা থনম্রিবা রাথল
অদু কয়িনো ইমাদি থনবদা মংলানগুম থোকএ।
ইচা নবগী থম্মোয়বা অমুবা ইবৈ চেনলমলিবা কয়িগীনো
নহাকপু ইচা মত্রব্রা।

চাওবা ঃ— হৌদোং মচাদে হুইদি য়োকলবদি চাওরপা হৌদোং
ওইদনা কম্রি ওইকনি। হে নুপী মতম অদু বং-ঐনা
রাথল থনহৌদনুনা থোকপা থৌদোক ঙাকক্তনি।
কয়িসু কানদে। তেনোবাবু মীয়োন অখোয়গা মীয়োন

অহুম তাংগনি থক খবগমু। নোংমা নত্রগা নোংমদি শোয়্নবা মশাগী খোলখেদা খোংলকনি। মাই মমা খোদোক পুন্নমক ঐ-নংনা তৌখকখা তাক্তনি খবাল চৎশি শাকও।

(খবাল অমম্বং চাওবা অচৌগী মযুমমা চৎপ্রে Jeep অমা তোংলগা মতাং অসিদা নবকুমার মযুমদা চংলকই য়াম্না তপ্না)

নব :— ইনা পাবুং ওশাইদগী হনজিমলকত্রব।

(মমাম ফুমিনা লৈবা অহুনা য়াম্না চিংনমা অমুক হায়্রকই)

নব :— করি তৌরে ইমা, 'অরাবগী মশক ওইনা উই ইমাগী মাইখোং অহু। করি নিঙমদবা লৈবগে নচাদা অমুক্তা তাকপিয়ু।

অমুবী :— (অশাওবগী ন্নাইদা) ওসিদগী ঐতোন্দা ইমাগা হায়্না কৌগমু। অয়োকপা মচানা করম্না কাপদোব্নিবনো।

নব :— (অরাবগী খোলজেলদা) ইমা ............।

অমুবী :— কৈ মচা চাওনবা য়োকলগা নোংমা নত্রগা নোংমদি মপুদা চিকপা শোইদবনি। ওসিদগী মুম অসি থাদো-কুনা চৎপ্রো মংগী লৈকম নত্রে।

নব :— (অরাবগী পিরাং শিম্নুরগা) ইমা............।

অমুবী :— নংদি ঐনা মীমাই পখনা য়োকপনি।

(নবকুমার মচন-নুপী শাম্বিনা হায়্রবা করম্না থম্মোব

মুংদা নোংহোনা নীংশিংলকই মতম কয়াগী রারী অহুস্থ মহাক্না অরাবগী পীল্লাং শিন্থনম্মী।)

(মতাং অসিদগী নবকুমারগী রাখলনি)

নব :— (রাখল) শান্তি মংনা কয়িগীমো ইমাদা তাংলিবদি মীনা তারগা নংবু মীনা নোকখিনি। অসিদি তাংলে হয়েংতৈখদি তাংগনুবে।

(নবকুমারগী খম্মোয় মুংগী রাখলনি)

শান্তি :— তাম্মোচৌ নচনগী অনুতাপকী মৈরিয়কী ফোংদোকপদা পাংথোক্ত অসি কয়ম্বা মতমদা নচননা ফোংদোকলা। তমগনি। কল্লবা নোংলৈ মুংশিং মকম কদা ইদা হুম-মোকপ্রবমো অমুক্তা শিংলিয়কউ।

নব :— (রাখল) ইচনগী খম্মোয় মুংদা নোংলৈ মুংশিংগী চৈফু তারিবা অদু অমুক্তা হায়বু শান্তি। মবুংগী মচনদি মবুংগী "ঈ" চেনলমগনি। শন্তি কয়িগী চংনরিবমো অমুক্তা হাইবু।

শান্তি :— অয় শল্লা নহাক্কী মকমদা ঐগী তাম্মোচৌ অসিদগী নহাক্কী মথুংতা শিনরমগে, 'ঐনা হয়েং মীলৈবাক্তাগী থোকলকপদা হায়গী মাম্মোচৌগুম্বা ঐগী তাম্মোচৌ নবকুমার খিনবীয়ুকো। হয়েং মতম অমদা তাম্মোচৌনা ঐবু অমানবা রাখল খনখিদ হায়দুনা ঐ M.A. তম্বা চংপ নংবু। ঐদি চংনিংদবান মৈরিয়কা মৈচ ক্লা মৈখুবে ক্রবগু; খম্মোয় মুংগী মৈচাক কননাসু খংবিদে।

(নবকুমার থম্মোয় সুংদ নুমিৎ অমুগী রাত্রিশিং অহু
লোইনা নিংশিংলকই। অমুক হন্না মহাক অরাংবগী
পিরাং শিন্দুরম্মী)

জয়শ্রী :- শান্তি নংগী মাংম্মো কবি তৌরবগে অশোংবা অমা
হায়য় হৌরক্লে-দা। কবিগীনো নংনা অরাবগী পিরাং
শিন্দুরবদো।

শান্তি :- (কপ্লগা) কবিস্ত তৌদে ঐগী থম্মোয় সুংগী রাখলমি।
হৈরিরক্তী কোংদাকহৌদবা পাওখোক করন্না চমনা
ফোংদকপা ঙমগনি। ঙমবগী পাললম্ব লৈতাদে
মচনাদ। লৈচিন্না কুপশিনবা থাজা অদো নোংমদি
শেয়দনা থাজগী মঙাল ফংগনি। মমলবা অহিংদা
থরামিচাক মঙাল ফংই কন্নাগুম্বীনা থম্মোয় পুক্লিং
হুনা হেংজরি।

নব :- (অরাবগী পিংরাং শিন্দুবগা) শান্তি কবিগীনো মংনা
অরাবগী পিরাং শিন্দুরিবদো।

জয় :— অয়ুকী পুং নিপান তারে পুং মাপনগী প্লেন লাকলগনি।
মতম অসিন্না য়াম্না থেংজিনলক্লে চৎলবা তৌরশি।
(নবকুমার মতম অমগী রাত্রি নিংশিংলম্মী থম্মোয়
সুংদা পুন্নমক মাগী রাখল ওইরম্লে মহাকী পাপ্পীগী
মমাদো য়েংলগা। মমাদা শাওজবনা মৈ হৌরম্মী)

নব :- (কপ্লগা অকনবা খোজেংলদা) পল্লৌ শকপনা কনানো।
পলেম শকপনা কনানো। ঐগী ইমা কনানো

মতম অসিদা।

অমুবী :— (অশাওবগী মঙম অসি নাগী লৈময় নত্রে

নব :— (কপ্পগা) সংসার অসদা লৈবা নত্তবা কয়াগা ঈনা হুকচাং ওইরবা। করিগীনো ইমানা মমা ওইবীগী "ঈ" চেনখ্রিবা করিগীনো ইমাগী অদুক তমখিবা রাহৈ অদুনা নচা নবকুমারগী চেকশমগী লৈপাং ওইরগে। নচা নবগী পুন্সিদ লৈচিনল্লকী পুরংমা ওইরবা ওলাং থাগী মৈচাক্লা চাকলবদা লৈবা ফল্লা শাংলবা লৈরাং মহাকম্ভ লৈমন চনখ্রে। পোম্বী চেক্লা মহাকম্ভ য়াইরেকশম লৈতদুনা কোইপাই পাইরি।

অমুবী : (অশাওবগী মঙাদা) ঙসিদগী য়ুম অসি থাদোক্লুনা চংঙ্গে। অদুদা য়াদ্রবদি লমজাও শোয়েক্লা নওকশম অত্থ পাইদুনা হৈনমনি খংগু।

(অদু হায়বগা লৈমাই থক্তাগী চৈতু অত্থ পাইখৎলম্মী, 'অদুগা অকনবা খুৎ থাদুনা নবকুমারদা ফুরম্মী। লৈমাই থকতা তুরম্মী অরাবগী পনথোং য়োরম্মী নবগী থম্মোয় পুংদা নিঙমদবা রাখল কয়াগা লোই-ননা লৈথাইথকক্তগী চৌগৎলকই

নব :— (অরাবগী পিরাং শিম্বগা) ইমাগী থাম্মায়দ মমা ওইবীগী থম্মোয় মচেৎ অমত্তা চেপ্রিবা করিগীনো। থম্মোয় পান্দবী ইমাবু-ইমারা। নচা নব লোইমা খংজরে ইমা। মতম অমগী ইচমনুপী শান্তিনা হায়রম্বা

য ফম পুন্নমক ঙসিদি ইমিৎন। শংজং-শংজংমা উবা ক্ষ্ংন্দ। ঙাংদিনী অঙিংবা অর নদমক কয়া অভিয়াদা লৈতেং ওইরি। লাইবক থিবনা লৈচিন নোংকাই কয়ানা কুপশিনখ্রে।

অমুবী :- (অকনবা খোঞ্জেলনা) খরা থুনা চংখ্রো। নংগী অঙা-বগী চাইথোন অদু ভাগিংদে। নংদি ঐমা মীনাই ওইমা য়োকপনি মশানা ভাব ত'ও লমজা শরা মচা মপা মমা মশক খংদবা মচানি নংদি।

নব :- (অশাওবগী খোঞ্জেলদা) লমজা মচাবু য়োকপা ইংা নংদি লমজানী লমজা মচা ওইরমগনি।

(অমুবীনা অমুকম চৈশু অদু পাইরগ ফুরম্মী নবা লৈ-মাই থক্তা তুরম্মী অমুকম)

অমুবী :- (অশ'ওবগী) লমজা শরা মচা নংদি ঐগী মীনাইনি। নশানা ভত্তনা তাও। মীনাইদা মপুনা রায়কপনি।

(নব লৈমাইথক্তগী ভগ্ন হৌগংলকই অরাবগী পনথেং য়ৌরম্মী)

নব :- মম ওইবীগী খঙ্গ'য় অমত্তা পান্দবা করিগীমো ইমা। থাক ওইরবসু লৈচিননা কুপশিনবা থাজা ওইরিবা করিগীনো। পুরনিমা ওইরবসু অমুবা লৈচিননা কুপশি-নবা থাজাদি নব ঐদি পামজদে। থাশিগী অহিংদা শেংলবা অভিয়াদা থোকপা থরানমিচাক্সা হেমা ফজবনিকো ইমা।

অমুবী :— মকম অসি নংগী অঙাওবগী চোইরোম লোনকম নত্তে খরা থুনা চৎল্লো।

নব :— (অরাবগী লিরাং শিনথরগা) ইমা তৌজিক্কী মতম অসিদা লৈনম চেৎনা লৈ কৈথেন্দা থোকখিদে, চাওরবা City দা থোকখিদে। চাগী লৈনম য়াওদবা লৈনা লৈতেং ওইরে।

অমুবী :— লমজা শারা মচানা কয়া কনি হায়বগে।

নব :— (কপ্লগা) ইমা য়েন্দা ভাদু মরুম অঙুম কোনবনি। মচা ওনলগা ফজরবা ভাদু মচা ওইবনিকো। করিসু কান্নদে ইমা। কোকিলনা কাকী মকেন্দা মরুম কেনশিলবা মচা ওইরগা কোকিল ওইনা অতুম পাইখিন।

অমুবী :— হৈরেনে রা ভাংবকত্তি লমজা শরা মচা অসিদি।

নব :— ভেনৌরাসু মীরান অঙমক থোকপনি ইমা।

অমুবী :— চংখো কায়বগৈদা খয়া থুনা চংল্লো।

চাওবা :— (নব লেপ্লগা) মাগী মমা পৈশা আস খরা থমজিনলুরো চংলু।

(অঙু হায়রগা লুপা লাক অম অমুবীদা পীরকই। অমুবীনা পৈশা অঙু থমজিনবা কা অমদা চংল্লে)

চাওবা :—(অশাওবগী) নব মাবু পাবুংনা খাজনা তোঔরগা নংনা চংলিবা লিচং অসি করিনো মংগী নথক্কা লুপা জিনিং কুন্থা লৈরি করি তৌবদা শিজিনন্গে হায়রিবনে মুন্ন খল্লু নবকুমার।

নব :— (মৰাংগী মখংনা) পাবং নচা করবা লমচৎ চংলবগে অমুক্তা তাকপিয়ু।

চ'ওবা :—(অশাওবগী ওংদা) নংনসু অমুক অকবা শারি। নরমচৎ শারুৎ থ লবনি ঐনা। নশামক Goveroment গী Officer অমা ওইহনবদা পৈশা যয়া চংরবনি।

নব —: (কপ্লগা) পাবুং ——————

চাওবা :—হৌদোং মচাবু হুই মচানি হায়না য়োকখবদি চাওরগা হৌদোং ওইদনা করি ওইরুনি। কৈ মচাবু কচৈ হায়না য়োক্লবদি নোংমা নক্রগা নোংমদি য়োকলিবা মপু অচৌদা লাকপা হায়বা অসি শেয়ত্রগনি।

নব :— (কপ্লগা) পাবুং ঐগী ইরাল করিনো অমুক্ত হায়বিয়ু। পাংগী ইপানা হেনবরা মহেনদে পলেম ইমানা হেনবরা মহেনদে থাকগী অরুংবা মাইথোং অহু ওলাং থাগী মৈচাক ওইখ্রে মাংলেম পৃথিবীসু জুরার হায়কপদা থক থক নিকথরে।

চাওবা :— (অশাওবগী মওংদা) : বকুমার নংগী নথক্তা লুপা লিশিং কুস্থা লৈরিবা অসি কৈদোউৈ শিংগে হায়-বনো, ওসিদগী মুম অসি থাদোক্তনা চৎখ্রো। মফম অমদা।

নব :— (কপ্লগা) পাবুং নচানা করবা অয়ানবা লিচৎ চৎলবগে অমুক্তা হায়বীয়ু। ঐগী পাবুংনা কনানো, ইমানা কনানো অমুক্তা তাকপিয়ু পাবুং।

চাওবা :—( অশাওবগী ) থবাল, পাবুঃ অঙাওবগী চেংইরোম তানিংবে মঙকখম পাইরবগা কোনথোং রাংথদা হৈন-থোকখো। (মতম অসিদা নবকুমার মচনুপীবু ময়িপ্তা উবদ্রী কজনা অঙাবগী পীরাং শেনুরগা ভূমথিনৈরদ্রী। মতাং অসিদা শান্তি অংতৌবা কনেক অমা লেংলগা, অংতৌবা কি অমা হৈরগা মচৎনা ওইবা লাকুগা চপ লেপলদ্রী পুরুষক অসি নবকুমারগী থম্মোক সুংগী রাখলনি)

শান্তি :— ত মোচৌ মচনবু থাদোক্তুনা চৎপিগনু। কহিঙবা নচন শান্তিবু থাদোক্তনা চৎলবদি সংসার অসিদা মচন শান্তি অমুক হন্না উবা ফংলোইংকো। নচন শান্তি-না যুবা নৈরমলবদি থোংদোক অংস থোকলমলোইকো (মথুং থিল্লগা মবস্থ য়ে লম্মী) য়েউ তাংমোচৌ লৈ-চিনবা হাংলবা অতিয় সি শিনব। থুংমা কুপশিনবে তাম্মোচৌ ওসিদি নচন শান্তিনা অনুতাপকী পাওখোঙ কোংদাচরে তাম্মোচৌ।

(কপ্লগা) তাম্মোচৌ, কত্তবগী লমনদি অকবনা শিংলকউ। অচুম্বা হায়বশি ঈশ্বৎনি। অচাকপা মৈবু ঈশিংনা মুথৎপা যাই।

(ময়ুংদা কৌরগা) নচনবু থাদোক্তুনা চৎকে থনগনু তাম্মোচৌ। নচন শাস্তিবু পোকমিনদবনি থনলত্রা ঐদি তাম্মোচৌবু পোকমিনদবনি হায়বা মুকতম

তমলোই করিগুম্বা নচনবু থাদোক্কুনা চৎলবদি সংসার অসিদা নচন শান্তি উবা ফংলোইরোব। ঐনা লাইবৈ-পাকতগী মীলুদগী পিরাং শিন্থবগা ফিথাও শাবা যাজপেকো। হে ঈশ্বর নচা শান্তিবু অদুক্তা লৌশিনবিরু লাও।

মধ :— (কপ্পগা) শান্তি নংগী রাধল অদু করিনো।

শান্তি — (কপ্পগা) তাস্মোচৌ নচনবু থাদোক্কুনা চৎলবদি।

**She whispered May yours be happy with your beloved one, And may you sometimes remember 'শান্তি' Also she is of no fa·h9r use on earth 'তাস্মোচৌ' May the god bless you.**

অদু হয়রগা মংলাম ওইনা চৎত্রে নব মংগী রাধল ওইরমলে। অরাবগী পিরাং শিন্থরম্মী। মতম কয়াগী রাম্রী নিংশিংলম্মী থম্মোয় সুংদা। শান্তি M.A. তথা চৎহনদাই মীৎকুপ অদুগী রাহৈশিং অদুমু থংনিং থংনিং নিংশিংলম্মী।

মতাং অসিদা শান্তি অদুকন্থু চাংশিনলকই। চপ লেলগা লৈরম্মী নবগী রাধল।

শন্তি :— (কপ্পগা) ময়ুশিল্লা নহাকী নফমদা ঐগী তাস্মোচৌ তসিদগী নহাকী নকমদা শিনরমগে ঐনা মীলৈবা-কগী থোকলকপদা হায়গী মতৌগুম ঐগী তাস্মোচৌ

শিনবীরুকো হয়েং মতম অমদা তাম্মেচোনা ঐবু অরা-
নবা রাখল খনখিনি হায়দুনা ঐ M.A. ভগা চৎপনিকো
ঐদি চৎলিংদবনি। মৈরিলকী মৈচাক্না মৈথু থোক্কবগুম,
থম্মোয়গী মৈচাক কয়াম্বু থ'বীদে।

জয়শিল্প :- শান্তি মংগী তাম্মোচৌ করি তৌরবগে অশেংবা অমা
হায়রু।

শান্তি : কম্রিম্ব তৌদে ঐগী তাম্মো, জয়শিল্পা করম্না মৈরিলকী
কোংদোবহৌদবা পাওখোঙ কয়াদি। ঐদি কোংদে কপা
ভমলোই। পাঙ্গলম্বু লৈজদে।

পুরঙক মাগী থম্মোয় শুংগী রাখল ওইরম্মী। নব
ফুম্মীনা লৈরম্মী)

নব :—(অরাবগী খোঙ্জেলদা) ঐনা ওসি তারিবা অসিবু মহৌদা
তাইবংলা।

চাওবা :— থবাল, পাবুং অঙাওবগী চোইরোন তানিংদে অং
কোনথোং রাংমদা মঙকশম পাইরগা ইনখোকখো
অহুপা লাও পাবুং রা হায়রগে।

থম্বাল :— (অশাওবগী রাহৈদা) মংগী অঙাওবগী চোইরোন অহু
তানিংদে অং শোয়রোক লমজাওদা তাংঙুচো।
(অহু হায়রবলগা থম্বালনা ময়াম্বদা অকনবা খুৎ থাদুনা
ফুরম্মী। অহুপা মঙকশম পায়রগা কোনথোং রাংমদা
ইনখ্রে অম্ব'বগী পিরাং শিম্বুরগা তপ্না তপ্ন চৎখ্রে।
নবকুমার মখম কদাইদগো থংদে থম্বাল রাম্না-হবাওনা

ময়ুমদা চংশিনরকই)

খম্বা :— (চপ লেপ্লগা) পাবুং হন্দক্কী থৌদোক অসি ঐদি মঙলানগুম থোকই।

চাওবা :— মতম অমদা পাবুংনা রাখল খনহৌদবদগী থোকলিবনি।

খম্বা :— পাবুং ... ।

চাওবা :— পু ক্রু' তিংনা পীবা নৈ কাওবা অমত্তা মানদে ইচাশিদি।

খম্বা — অচুম্বনি পাবুং।

চাওবা :— পাবুংগা রাখি সংশি মথংগী কা অসিদা লাও।

(অসি হায়রগা মথোয় অনি কাদা চংখ্রে )

— x —

"৮ শুবা উৎপা"

# হুদাংগী পুং ৭ তাবগী মতম্মী

## জয়শিল্লাগী ইমুং

ইথং খাহৌদনা মংদোল অমসুং ইমুং Electrict মঙাল লাকলম্মী, চহি নিপাল হৌখ্রে হায়রিবা থা অসি August থানি, 'মালেম শিনবাথুংনা থাবলগী মঙালনা চামথোলম্মী। মতাং অসিদা জয়শিল্লা ইমুংদগী মাঙোলদা তপ্না তপ্না থোকলকই

চপ লেপনগা কোইয়োং কোইয়োং য়েংলম্মী, থাবলগী মচক অহুবু খংঙোয় নুংদা কপলম্মী মথক অদুদা লাইরিক অমম্তু থমলম্মী,

জয়শিলা :—(মে যোন নোকনগা) হয়েংফি ঐগী নুংহোংবা নুমিৎনি। নোংসিদি খম থুনা তালবাফ ফংদ।
(অদু হায়রগা জয়শিলা ঈশৈ অমা শকলকই)
ঈশৈ, হৌখ্রে মতম কয়া করাগী নুংশি বাবী নিংশিংদুনা লৈরে ঐগী থম্মোয়দা কয়া কাওগনি নুংশি বাবি কয়াশি মালংগী খোংলোইদা মালংনি মালংগী খোংলোইদা থাজনি লৈচিনগী খোংলেইদ থাজনি মংলানগী খোংলোইবি লৈচিননি য়েংঙু হাংলবা অতিয়াদা।
মহাক্তা ঈশৈ অদু শকপা লোইরগা টেবিল মথক্তগী লাইরিক অমা পাইখংলবা লাইরিক অদু হাংদোপদা Letter অমা য়াওরম্মী Letter অদু অদু লৌখোক্লগা লাইরিক অদু থমম্মী।

জয় :— ঐ অমস্তুং মহাকী অহানবা নুংশিনব মতমগী ঐহাক্দা পিরকপা Letter নি।
(অদু হায়রগা পারকই।)

To

The Joyshilla Devi.

"Love letter"

নিংশিংজবা থাজবু উবদা মীপুম থুদিংমকী পুক্নিং হুবগী মশক্নি, উরবা ঐহাকী থম্মোয়গী ওইরা।

ঐদি থম্মোয়ুবদি চাপ্পি অন্দোর গুলাপ পামজদে মতম খরগী লৈনম চেনবা অন্দোর গুলাপ পামজৈ ঋতু ঋতু খুদিংগী য়েৎনিং হুনবা লৈদি ওইরবদি, 'ঐগী থম্মো য় ফরি ওইনি। ঐদি মগুলাদা নুংশিজবা অমসুং পামজবা ওইজগেকো .......। মগুলাদা শোনজবা ওইজগে পুন্সিগী বব ওইজগেকো.... ...পুন্সিগী থনজবা নহ ক্রী, নহাক্কী থম্মোয়দি মগুলান ওইরমগনি। ঐচ'ক্কী থম্মোয়দি তাইবংনিকো। পুন্সি লৈকোলদা পুন্সি পাম্বী হৌরমগনি থমজরুবা ঐহাক্কী অশানিকো......
নুংশিবা অমবা নুংশিবা অমগী নকমদা কয়িনা নুংশি হায়না কোংথোকপা ঙমগনি।

ঙসিগী চাওরবা নুংশি ইপাক লামযিনশি থনজরুবা ঐহাক্কী অশা ওইরব্রা ......মতাং অসিদা ঐগী হায়নিংবা বাহৈ কয়া লৈরবস্ত লোইশিনজয়ে।

(Lətter অদু পাবা লোইরগা জয়শিল্লা Letter অদু অমুক ধুংশিনা চুপলম্মী)

জয় :— ও নুংশিবা নংত্তুনি ঐগী থম্মোয়রমী মৈচাকশি Letter অসিসু নহাক্কা M.A. তমলিবৈ বতমগীনি।

(মতাং অসিদা নবকুমার চংশিল্লগা বাকস পুরমক (লোনন) ফুমিনা ভায়রম্মী জয়শিল্লামা হননা য়েংথো-কপা মতমদা নবকুমার লৈরম্মী।)

জয় :— (য়াম্না নুংশিনা) লাক্লগা লাকইকোক হায়দে হরাদবা

য়াম্না হৈখি।

নব :- (য়াম্না অৱাবগী খোঞ্জেলদা। ঐ ইশাংদা হৌরানবনি, মীওইশিংদগী ইরানবগী মতুংতা পাবুংনা খনবা লুপা লাক্ত লাউবা, লপা ফিলিং কুম্ব্রা। ইরাদনা মীশক অতু ঐনি, অতুগুম্বা মীওই অতু মংগী পুন্সিগী নৈ পায়েং ইককহনগনু হ য়বা লাকপনি, ‘য়েংউ মতম অমদা (পুর্ণিমা) পুর্ণিম থাজবু লৈচিনা কুপশিনবগুম উংনি।

জয়ঃ - (য়াম্না য়ানা) কবদা থম্মোয়দগী খোয়কপা য়াবৈদনো।

নব :- ঐগী থম্মোয় লুংগী অশেংবা য়াউদনি।

জয় :— নব নবাক্কী হায়দোবা ফায়ৈর মীনা উরপা ফজবাদ, মীনম্ব লোক্কথনি, ‘নং ঐগী লুহোংবম্ব ওয়েংনি, নংসু চংংঙ্গো। ঐখেয়গী পাবুংসু চংশিনবনি লাকপা মতম ওইরে।

নব :— (অৱাবগী খোঞ্জেলদা) নংমা হাইত্রবম্ব চংকনি, ঐহাকসু থম্মোয় পানবা মী অমনি। ঐ শা নস্তে মীনি.... । য়াকয় অসিমদি কাওবিগনুকো সুংশি পোয়োন লোনাক্র কাইনা পোয়োন হাংগ্রে, ‘মতম অসিদা সুংশিবা কদাইদা লৈবগে, সুংশিবা কদাইনো।

জয় :- (য়াম্না তপ্না) মংকুমার মঙবু কৈদোয়বগে।

নব :— (অৱাবগী পিরাং শিন্থরগা) ঐগী ইচমনুপী শাখি থয়া লুমা তোবীয়ুক্কো।

জয় :— মব ……… ।

নব :— নহাক্তী পুন্সিদি থমনা থক্তা শাকপা লিক্না ওইরবা।

জয় :— নব নংনা নিংঙমদবা করি লৈ ঐতোপ্পা অমুক্তা হাইব্রু।

নব :— ঙসিগী মতম অসিদা কাক্কা কোকিল ওমগ্রে, কোকিলনা কাক ওমগ্রে। মী অমত্তা রাকম অসি থংথিদে ভুমিন ভুমিন লৈখরে।

জয় :— নব ঙাওশিনগদ্রে, চংখ্রো চংলু মীনা উরগা কদ্দে।

নব :— ঐ চংথিনি। রাকম অমনা, মুংদা (হকপ্রব) হকপা ময়ুং মতম থরদি কোকলোই ... — মতম অমদা লৈ কয়স্মু লৈনম চেনলমলে। ঙরাং পোমছেবা লৈ অতুম্ভ ঙ সদি নৌনা লৈমন চনলমলে। অমুকস্ম বসন্তগী মতম ছেপ্রে। ওইরককনি বসন্তগী পুর্ণিমা, সংসারনা লৈরিমথৈ ওইথিনি পুর্ণিমা সংসারনা লৈরিমথৈ ওইগনি বসন্ত।

জয় :— মতম লৈরিমথৈ সংসার লৈবনি, সংসার লৈরিমথৈ মতম লৈপনি। চহি ওইরিমথৈ ঋতু ওইগনি।

নব :— মতম অসিদা মুংশি পোরোন লোনখরে কাইনা পোরোন লাওনা হাংদোকখরে মুংশিবা অনিগী থম্মোয়দি পোরোন লাওনা হাংবা ঐহাক্কী অপা ওইরবা।

জয় : মব নংনা কইরগীনো ঐবু থাজদবগীমরম অমুক্তা হাইব্রু, ঐগী অপাদি নংবু পুন্সিগী ঈশ্বরনি থনজরিবনি।

নব :— (অরাবগী খেক্তেলদা) রাকম অম্ভ ওন্না লৈতনবে জয়শিল্লা নংদি ঐনা ইনাও নিপা থহালগী মকমদা শিনগ্রবনি।

তেনবাগী খোঞ্জেলদা অহিংদ চাক্কনী মকুনা তেনবাগী মখোল লৌখয়ে। মকুগী খোঞ্জেল তেনবানা খোংলে। মতম আসদা মমকা শবা মচা নবগী চংজকম কদাইদনো।

জয় :- (কপ্লগা) নব নংগী রাখল অদু কবিনো।

নব :- নুংশিববুদি অপ মনা পনথুং ওইরবনি, হৌজিক্কী মতম অসিদা। নংদি হককবা মমি ইশং বয়ানা কুপশিন-খরবনু মতম খরদি লৈগনি।

জয় :- নোংমা মত্রগা নোংমদি পোয়দন তেনবামা তেনবাগী মখোলদা খোংগনি। মশা মশাগী খোঞ্জেলদা অমুক খোংগনি খোংগনি, লৈনম চেনবা লৈ অদু গমলাদা খরবনু অহুম লৈনম চেনগনি, 'লৈনম য়াওদবা লৈ অদুদি গমলাদা থাববনু অহুম লৈনম চেংলোই।

নব :- (য়াম্না ত্তপ্না) খুৎশেম্না লৈনম চেনহল্লবদি করমত্তৌনি, লৈনম চেনবা লৈ অদু লৈনম চেনহল্লবদি——— লৈনম করি ওইগনি।

জয় :- লৈনম চেনবা লৈদি অহুম লৈনম চেনগনি অপাম্বাবুদি নুংশিবমা শরুক তয়া হেন্না পামবৈ ঐগী খম্মোয় নুংদা।

নব :- কয়স্বা অশাগো।

জয় :- অশানা নুংশিবনি।

নব :- নুংশিবদি কদাইদগী খোকলকপনো।

জয় :— ফুংশিবদি থম্মোয়দগী খোকলকপনি।

নব :— অপাম্বদি কদাইদগী খোকলকপনো।

জয় :— অপাম্বা মৈৎত্তগী খোকলকপনি।

নব :— লৌমমনা কদাইদগী খোকলকপনো।

জয় :— লৌনমদি থম্মোয়দগী খোকলকপনি।

নব :— কায়নবদি কদাইদগী খোকপনো।

জয় :— লৌনমনা ফুংশি রাখি ওইরবদি কায়নবা খোকপনি

নব :— কায়নবদা ফুংশিনদে হায়শিরা নত্তে পনগু দনা ফুংশি-নবরা, নত্তে।

জয় :— নব ৬াওশিনগদু চংহ্রো চংলো মীনা উরগ ফজদে।

নব :— ঐ শা নত্তে মীনি নংনা হায়ত্রবদু চংকমি।

(অহু হায়রগা Letter অমা পীরম্মী জয়শিল্লানা Letter অদু লৌশিনলমই, 'নব থম্মোয় ফুংদা ফুংশি মৈচংক্ চাকলগা তুমিনা চংথরে, মহাক চ প্রবা মতুংদা মথনতা হায়জরকই)

জয় :— মহাক্কী চমদব রাখল অসি উবদা ঐদি ৬কবা৬মদে 'কয়াদা ৬াওশিনগ্রবনো।

(অহু হায়রগা Letter অহু হাংদোকতুনা তপনা পারকই)

Letter মজম কয়াগী পুন্সি হৌথরে। ৬সিদি অনৌব পুন্সি মক্ত হুনথরে কায়নবা পুন্সি ওইরবা নং ঐগী পুন্সি অসি।

নব :— (কল্পগা) করিগুম্বা নংমা ঐবোন্দ লুতো ৰগী কুমহৈ পাম্নেং হুকলবদি ঐ নংগী অরাবগী মশক ওইগনি অদুনা ইশা ইশানা য়াম্নমা হয়েংগী লুহোংবা মসি ভোকথো- সি অহৱু লুংশিনবদি থম্মোয় মু গীনি অশেংবা লুংশিনবনি নোংজু অহিংদা পাইব লৈংগুম, 'থাদ্মি অহিগী থরামিচাক ম মালেম পৃথিবীনা হুন২ য়েংজহগুম থোকলবে ঐহাকী পুক্ষি অদিমু।

(অতু হায়রগা নব মংলান ওইনা চ থরে। জয়শিল্লনী খশোয়গী রাথল ওইরমলে মহাক্কা হননা য়েংলুহনা করা অমত্তা লৈরমদে Letter অহু লৈম ই থক্তা তাথিবা থহোদে।

জয়ঃ — (মথম্বা কল্পগা) ঐনা থনজরূহ রাথলদি ওসিদ মংলান ওইরবা,।

জয় :— নুপা ওইবা মথোয়গী পুক্চেল অসিদি লোনম মমথাকমা লুংশিবা ওইরমলে, ওসিদি ঐ থংজরে, ওসিগী সমাজগী নুপাগী পুক্চেল,।

(মতাং অসিদা মপাবুং বিজয় চংশিনলকই মপাবুংমা হায়রকই)

বিজয় :— (রাথল লুংতাইতনা) ইবেম্মা ঐদি হন্দকী থোদোক অসি মগুয়া থোকই পাবুংদি।

(জয়শিল্লনা মপাবুং লুকথরিবৈদা লৈমাইথকতগী Le-tter অহু তপ্পা থুনগৎলগা চেৎনা পাইরম্মী)

